**MOORTISHING-GEE MAMI**
a collection of Manipuri poems
written by **Kshetri Rajen** - December, 2005




*অহানবা ফোঙবা* ঃ দিসেম্বর, ২০০৫

*অফোঙবা* ঃ **দ কলচরেল ফোরম মণিপুর,**
ইম্ফালগীদমক ক্ষেত্রিময়ূম ওংবী ননিবালানা ফোঙবা

*কপি মশীং* ঃ ১০০০

*মমল* ঃ লুপা ৬০/-

*নম্ফম* ঃ **পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল**

*মখূম য়েকপা* ঃ ঙরীয়াম্বম চন্দ্রশেখর

*ফংফম* ঃ **দ কলচরেল ফোরম মণিপুর রূপমহল টেঙ্ক, ইম্ফাল**
**অমদি অইবগী য়ূম**

*অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিক*ঃ

**নোংলীক (শৈরেং, ২০০৩)**

## ৱারোল খরা

দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর (মে ১৭, ১৯৫৯) মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা থৱায যাওজবা অইবশিংনা লিংখৎখিবা সংস্থান অমনি। মসিনা মণিপুরী অমদি সংস্কৃতিবু খুনাইসিদা শক্তাক্রবগী পান্দমদা থা ৪ / ৪ গী মণিপুরী চেফোং, ঋতু ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা মথং মথং ফোঙদুনা লাক্লি। অসিদসু নত্তনা তম্নবা লাইবিক (টেক্স বুক) অমদি অইবা-অইবীশিংগী ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচা, লীলামচা অমদি অনুবাদনচিংবগী লাইবিকসু লেপ্তুনা ফোঙলকপনা ঙসি ফাওবদা ফোরমগী ফোঙলবা লাইবিক তবামাথোই লৈরে।

ফোরম্না লেপ্তুনা চৎথবকপা লাইবিক ফোঙবগী পান্দমসিদা — হন্দক ফোঙজবিবা ক্ষেত্রি বাজেনগী শৈরেং লাইবিক, **মূর্তিশিংগী মমি** (দিসেম্বর, ২০০৫) অসিনা ফোরম্না পুথোকপা তবানিথোইশুবা লাইবিক্লি। অইবা অসিগীনা অনীশুবা লাইবিক্লি। অহানবদা **নোংলীক** (নবেম্বর, ২০০৩) হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইবিক অমা ফোঙপ্রে।

ক্ষেত্রি বাজেন, মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেংগী ঈচেলদা নৌনা খোঙ থাংজিল্লক্লিবা অইবনি। ইং ২০০০ মতুংগী নহা ওইরিবা কবি অমনি। ঈংনা তপ্না চেম্থুবা শৈরেংগী মফম মঙোন্দা লৈতে। মতমগী নুংশিৎতা যাওবকপা পেন্দবা অমদি খোযবাঙ খোযশাওনবা কযানা নীংবা কাযহল্লবা অইবনি। অচুম্বগী লম্বী থিবগী, অশেংবা মূর্তি অমা শাগৎচবা (যেকচবা) পাম্বগী, হিংসাদগী অহিংসা, অহিংসাদগী শান্তি অমদি মিনুংশিগী মফম অমা ফংনবা থিবকপগী মশক্রুচিংবগী মাগী শৈরেংদা উবা ফংঙি। অরোইবদা কবিনা মশাবু মশানা মশক খঙজবত্তবা, নাইতোম তাবকপা, লম্মাঙনবকপা অমদি মোংফম্না ঙাইদুনা লৈবকপা — এবসর্দিতিগী মমিসু তাবি। মাগী শৈরেংশিংগী মপূং ওইবা মশক্তি পোইতিক মেতাফর অমদি সিম্বোলনা মপূং ওইনা শাগৎলগা নুংগী ওইবা ৱাহম্লোক অমা পুথোক্রবা তোৎনবনি।

ক্ষেত্রি বাজেনগী শৈরেংশিং অসি মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা খূদোলনি। মাগী শৈরেংশিংসিগী সাহিত্যগী ওইবা মহাও অমদি মশক লেপ্লিনবা সাহিত্য প্রেমী খূদিংমক্কী মফমদা শিন্নজবি।

শরৎচন্দ্র লোঙ্‌জম

(ডা. শরতচন্দ্র লোঙ্‌-জোম্ব)
*জেনরেল সেক্রেতরী,*
দ কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফাল

ইম্ফাল, মণিপুর
তাং ১০।১২।২০০৫ ইং

# ৱাহৈ খরা

কবিতা হায়বসি কবিনো? পাউখুম থিবা ৱাবা ৱাহংনি। কবিতা কনানা কবয়া ই? মসিমসু খুন্নবদা যাম্না ৱাগনি। কনাগুম্বা অমনা, মীসু ইনৈ, ঐসু ইগনি হায়বগা কবিতা হেক্তা থোক্কদবা নত্তে। মীওই অমনা ঐ কবি ওইগে হায়বগা হেক্তা ওইগদবসু নত্তে। কবি ওইবা, কবিতা ইবা হায়বসি চুম্নগী সাধারণগী ওইবা ৱাখল পবীংনা লাম্বা ফংদ্রবা, অমম্বা, খঙবা ঙমদবা অমদি অঙকপা ৱাফম অমনি। কবি অমদি স্কোলাব কযানা তোঙান-তোঙানবা মোত পীনৈ। চমম্নবা পোকই। অদুবু, চমম্নবিবা অসিগী মবক্তগী অশেংবা ৱাফম খর্বদি থোক্লকই। কবিতা ইবগী থবক্তা নুংগী ওইবা অনী লোঙবা মওং অমা যাওবি। কবি, মযামগী ওইবা পুন্সিগী লান্দা লান্মী ওইবিবা মীশক অমনি। মসিগী মথক্তা মহাক কলাগী সংসাবদা হিংলিবা কলাকাব অমসুনি। অদুগা কবিতা ইবদা হৌফম মবম খঙদবা অঙকপা নুংগী শাফু অমগা কলাগী পোৎথোক ওইহন্নবা হোৎনবদা চঙদবা যাদ্রবা, সাধারণগী ৱাখল পবীংনা লাম্বা ফংবা, নীতি-নিয়ম অমসু চঙঙি। কবিতা ইবদা হিংবগা লোনগা, অর্থগা অর্থ থোক্লবা উপাযগা তোৎশীন-তিনশিন্নে।

মতাঙ অসিদা নৌনা, থৱায যাওনা কবিতা ইখৎলক্লিবা ক্ষেত্রি বাজেনগী শৈবেংগী চবোং ওইনা লমদম অসিগী সাহিত্যগী লৈকোন্দা খূদোল তল্লিবা মূর্ত্তিশিংগী মমি গী মবমদা ৱাফম খবা থোক্লকই। বাজেনগী কবিতা পূম্নমক ইতেন-তেল্লি। ইতেন তেল্লি হায়বগা কবিতাশিং অসি মগুণ যাওদে হায়বগী ৱাদি নত্তে। অশেংবা কবিতাগী ম ওংদি অতেনবা সোনেতকুম্বা কবিতাদা ফংঙি, অশাংবা ৱাবী লীবগী মওংগী কবিতাদদি কবিতাগী শক্তি, পোইতিক এনর্জী অদু শন্দোক চাইথোকখিদুনা কবিতাগী শাফু অদু মযেং তাহল্লি হায়বা মোত, লৈতবা নত্তে। বাজেনগী কবিতা অযাম্বা তেল্লি অদুবু মশাগী ওইজবা শক্তি, এনর্জী অদুম মতীক চানা যাওজে। যাওবিবা শক্তি অদুসু নুপা থোকপা, খূৎতূম কন্না তাশীল্লগা অবোইবা পাঙ্গন পুথোক্লনা থিল্লকপা কিনগী শাফু যাওবা শক্তিনি। কবিতা অযাম্বা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবিবা পুন্সিগী নুংঙাইত্রবা মওংশিং অসিদগী হৌখিবা ওইনা তৌই। তাবদা উবদা নুংঙাইত্রবা মওংশিং, থোক্লিবা তমথীববা থৌদোকশিং অসি উকবা, তাকবা অমদি থেংনকবদা থোক্লক্লিবা অইবগী ৱাখল, থম্মোযগী ঈথক-ঈহুল কযা অদু ইচম চম্বা, লৈতেং কযা য়াওদবা লোনগী শক্তি শীজিন্নদুনা কবিতা ওইনা ফোঙদোকপনি। কবিতা

ইবদা শীজিন্নবা মচাক, ইমেজরী, সিম্বোল অমদি মেতাফ্বনচিংবা শীজিন্নদুনা কবিতাশিংগী শক্তি হেঙ্গৎহল্লি। কবিতা অযাম্বগী শাগৎলক্লিবা স্ত্রকচব অদু উফম চানা চেৎনা পুনশিন-যৈশীন্দুনা মপূম অমা ওইবগী গুণ যাওই। অদুবু কবিতা খবদদি শাগৎপদা চেকশীনবা ৱাৎপদগী ইফা ফানা, ইচাই চাইনা উবসু যাওদবা নত্তে। অবোইবদা হায়নীংবা অমত্তং লৈ। অৱাবা, অনাবা, অকিবা, অমকপা, তমথীবা, অঙ্গৈংবা লৈতবা, নীংবা কাযবনচিংবা **Angst** কী মশক ওইবশিং অসি নত্তবা, অঙ্গৈংবা, ফজবা, নুংঙাইবা অমদি নীংবা থুংবনচিংবগী ঈথিল য়াওবা কবিতা চবোং অমগা অমুক ইবক্লবদি অইবগী কবিতাগী অশেংবা গুণশিং অদু মশক লেপ্পদা মতেঙ যাম্না ওইগনি।

নাওরেম খগেন্দ্র

**নাওরেম খগেন্দ্র**
*প্রসিদেন্ট,*
**দ কলচরেল ফোরম মণিপুর**
**ইম্ফাল**

খাগেম্পল্লি, ইম্ফাল
তাং ৮।১২।২০০৫ ইং

# ৱাহৈ খরদং

নোংলীক কৌবা শৈবেং লাইবিক অমা ২০০৩ দা ফোঙথ্রবা মতুংদা ইরকপা শৈবেংশিং খোমজীঞ্জবগা লাইবিক অমা শেমগৎনবা হোৎনজবনি।

হৌখিবা লাইবিকসু ইঙাও ঙাওনা শৈবেংগী মপূং ফাবা ৱাহল্লোক অমদি মশক খঙদনা হৌখ্রে। অদুবু ঐখোয়গী অকোয়বদা অৱাবা অমসুং অঙকপা কুয়োম কয়ানা য়োমশীল্লকপা মতৌদা শৈবেং ইদবা ঙমদে। শৈবেংনা ঐবু হেক-হেক কাইহৌবি অহাঙবা মীকূপ খূদিং, ঈহুল অদুননি ঐবু পোত্থাহন্দ্রিবা। লাইবিক অমা পুথোক্লবা তত্তনা মঙহল্লি মঙ, মঙফাওনবদি অবায়বা হেক ওইদে। লাপ্পা য়েংবদা য়াম্না ফজবা, অসুম চঙশিল্লগা শূকপা হেল্লকপা জঙ্গল, লেপ্তুনা হোল্লক্লিবা হি, ঈপাক ঈযাযদা লুবা হেল্লক্লিবা, শৈবেংগা অমত্তনি। পুক্নীং ঈহুল অদুনা মাঙদা থল্লগা ইং ২০০৩, ওক্তোববদগী ইং ২০০৫, সেপ্তেম্বব ফাওবগী মনুংদা ইখিবা শৈবেংশিং খোমজীন্দুনা ঐগী অনীশুবা লাইবিক **মূর্ত্তিশিংগী মমি** অসি ওইবকখিবনি। লাইবিক অসিবু দ কলচবেল ফোবম মণিপুবগী পব্লিকেসন ওইনা পুথোকপীবগীদমক ফোবমগী থৌ পুবিবিবা ওজা পূম্নমকপু থাগৎচবগা লোযননা ইকাযখুম্ন বা উৎচবি।

লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ঙাইহাক লৈতনা মতেঙ পাংবিবকপশিং অমদি ঐগী ইযাম্বা বঘু লৈশাংথেমগী লমন তোনশিঞ্জবে। লাইবিক অসিগী মখূম যেকপীবা ইনাও ঙাবীয়াম্বম চন্দ্রশেখববসু থাগৎপা ফোঙদোকচবি। লাইবিক অসি নম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা **পোক্লফম** গী ইনাও বতন অমসুং পদ্মা প্রিন্তর্সকী ইচীন-ইনাও পূম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। ঙসিদি লাইবিকসি মীয়ামগী মফমদা পাবিনবা খূৎশিন্নজবি।

থৌবাল, মণিপুব

তাং ১০।১২।২০০৫ ইং

অইবা

# য়াওফম তাকপা

## অপীকপা মৈরী

অপীকপা মৈবী অমা
চাকখৎলকই অসুম অসুম
চাকখৎলকই চীংমায অমদগী চীংমায অমদা
চীংজাও কযা চীংদোন কযা কযা।

মতম'
মফম খূদিং মৈবী অসিনা মৈৱাযবক্লবা ।

মৈবীসি
চাকখৎলকই অতিযা তম্না
মপান নাইদ্রবা পাক্লবা অতিযা।

পীক্লবা অঙাং খবদি
লম্মৈসিগী মৈবী মৈখূলক্তা
পাইবিবা তাঙ্গাই মবকসিদা
হবা ওনা শান্নবি মশামক মৈবী ওইনা।

মৈবীসি
উবম্বনি পীক্ল' মৈবী ওইনা,
থাজবমদে অসুম্না মৈৱাযবক্কনি হাযবা।
ঙসিদি চাকখৎলক্লে
পীক্ল' মৈবীদগী মৈবূল ওইনা
মতমগী মীশিংগী থম্মোয ৱাখন্দা
মসিনা নোংমদি মৈৱাযবকপা যাই
মালেম শীন থুংনা
মৈবীক্তগী মৈজাওবী ওন্দুনা।

**মূর্ত্তিশিংগী মমি**

# অকিবা

চীন মেল্লিবসি
খূৎ অনীমক্লনি
অদুননি
খোঞ্জেল থোকপা ঙমদ্রিবা।

ঙক মেৎলিবসি
মাযকৈ অনীগী খূৎনৰ্নি
অদুৰ্ননি
স্বব হোনবা ঙমদ্রিবা।

হৌজিক্তি
ৱাহৈ অমত্তা ঙাঙবা ঙমদ্রে
মকা ফোংনা,
অকিবনা যোমশীল্লবা ঐগী তাইবঙপান।

মতম
নঙগী খোঙচৎতা
ঙসিদি শা ওল্লে মীসু।

ঙসিদি
খোঙফম খূদিং তিংখং তুম্নৌ ঙাক্তা ঙাযখ্রবদা
ঙাইবা তাবি থেঙলবা অহীং অসিদা ঐখোয
অমম্বা অতিয়াদগী
থোরকপদা মেঙলবা মঙাল পুবা নুমিৎ।

**মূর্তিশিংগী মমি**

# অনৌবা বোম

অনৌবা বোমসি
শাগৎলকপনি ঙসিগী মীবোলগী অশাওবনা
বোমসিগী মনুংদা যাওবি
মশীং থীঙমদ্রবা মীশিংগী
ওমচাক্লব' মৈবীগী খাঙঙমদ্রবা থম্মোযশিং।

পোকখাযদ্রিবা বোমসি পাযদুনা
ঙসিগী অঙাংশিংনা শান্নাব
অযূক নুংথিল নুমিদাং খঙদনা
নাবক- মোংশোঙবু মখোযগী শান্নবূংগুম।

শন্নাং চোইজাইনববী মমাশিংদি
থিবকই মচাশিং
মখূৎতা মৈবা পাযদুনা
অমম্বা অষীংগী লানফমদ'।

মতমসিদা
নিল্লবে মমাশিংগী তেংথাখেল্লা
কৌবক্লে হৌজিক্তি মচাশিং
খোম্লাং ঈহৌবক্লবদা।

# মতমগী মঙাল

থোরক্লিবা নুমিৎকী মশাদা
মঙাল অমত্তা উদে ঙসি ঐগী মীৎনা
খঙদে হৌজিক অয়ূকলা নুংথিল্লা ?

শহ্‌রসিদদি
অয়েকপা লাইশিং
মমীৎ পাঙথোরক্লি মখূৎ তিংথোরক্লি
চৎলি মখোঙ থোংনা কিববা মূর্তিশিং।

খুঙ্গংসিদনা
অমম্বা অহীংনা
মখোঙ থোংনা লাক্লুনা
থিবরি মঙালবু কাচিন কোয়া ফাক্লুনা।

মঙাল!
উদে ঐগী মীৎসিনা
খঙদে হৌজিক অয়ূকলা নুংথিললা
খঙদে হিংলিবসিসু,
মঙলা তাইবঙলা?

মতমসিগী মঙাল
ঈগী মচু ওনখ্রে
শঙজিনখ্রে ঐগী ইতিহাসকী লামাযদা।

# পুনশিল্লু শম্বুলদু চেৎনা

থোঙ লোনশীল্লু
স্নথোঙদু চেৎনা য়োৎকী পোবোন্না
ঈ তিনশিনবা যাদে
খ্বাঙচেৎ মচি লাংঙু,
নখৃৎতা মৈবা পাযখৎলু।

নখোযদি মমানি
নখোযদি মৈতৈ নুপীনি
পুর্নশিল্ল শম্বুলদু চেৎনা
থাঙ্গৎলু মৈব' নখোযগী শেংলবা ল'ইশঙদুদা।

নখোযগী শেংলবা ঈতনা
ঙাঙ্খ্রেইবি ঙসিসু মৈতৈ নুপী ওইনা
মালেমদা মৃৎখ্রগদবা খোঙ্গূল্লক্তা
লেপ্পু থৌনা ফনা
খ্বাঙচেৎ চেৎনা শেৎতুনা।

অকনবা নোংলৈ নুংশিৎকী শহুমদা
চোইজাইনর্খিনি শন্নাং
পুর্নশিল্লু শম্বুলদু চেৎনা
পার্যশিল্ল খৃবাম চেৎনা
মমাগী নাউশুম থৌবীদু।

# অমনবা ফূরা

অমনবা ফূবা
কূপশিনখ্রে মতমগী লৈবোন্না
কেল্লবা ঊনাগী মবক্তা
অনৌবা যুগকী ঊফূল মপৈনা।

মূর্ত্তিশিং
মখোয পূম্বদি স্বব হোন্দবমখৈ লৈবি
চৈনাখোলবু খোঞ্জেল থোক্লা লাউবা ঙমদনা
অশংবা ঊনাগী খাংপোকসু
মাযকৈ খূদিং কোযশিল্লক্লবদা অঙাঙবা মৈবীনা।

লৈবোল অসি তৌখাযসি
যেংসি অমনবা ফূবাসিগী শক্তম,
নংত্রবদি শকখঙদবা মূর্ত্তি ওইনা
লৈহৌবগনি তোর্ব্বানসিদা
অকঙবা উপাল শুম।

অমনবা ফূবা
শকখঙবিদ্রবা মল্লবা ঈতিহাসকী মূর্ত্তি অমা ওইনা
লৈবিবা নোংলৈ নুংশিৎ মবক্তা
ঙসিগী অনৌবা মীবোলগী
সভ্যতাগী তোর্ব্বান্দা।

# উপায় লৈতবা

হিংলি ইশাগী যুম্ফমদা
তোল্লবা অমগী মপোক্কুম
মল্লবা ইতিহাসপু মোনখাঙনদুনা।

ঐ ঐগী লৈইনুংদা
মীশিংনা থাঙশাং পাযখৎনবক্লবদা
করি মতৌনো
লান অসিনা লোইবা নাইদ্রিবা।

ঈগী নোংদি তারি
অখাক অরাও মরক্তা
কুমগী নোংগুম্না।

উপায় লৈতে,
মতমগী লাইশঙদা মীশিংনা
কৎলববদা অঙাঙবা ঈ।

হা উবোক!
নমাঙসু লাং
নতুংসু তেন।

# শকখঙনদ্রবা লানফম

কুমগী নোং নত্তে
চুবিবা লমদমসিগী লৈমাযদা
মতমগী মীশিংগী পিগী ঈবিক্লি।

তাবীবসে—
অখাক অবাও নত্তে
মীকপ মীবাওখোলনি
বোম নোংমৈগী মখোলনি
নোংথাঙগী মৈঙালনি
ঐখোযগী অতিযাদা উবিবা।

লানফম
মী ওইবগী হকচাংদগী চেন্থবক্লিবা
অঙাঙবা ঈখেঙ
মশা মশা খঙজদে
মখূৎ মখূৎমক্তা যানশীঞ্জখিবনি হাযবা
মশা মশাগী থৌববা থাঙশাংনা।

হৌজিক্তা
ওইবে মাযকৈ খুদিং লানগী লান ঙাক্তা
অমম্বা অহাংগী অমম্বদা
শকখঙনদ্রবশিংগী লানফম।

# ঐগী তুরি

মূর্ত্তি অমা
চহী কযা মতম কযা চঙনা যেক্লি
মতমগী কেনভাসতা
চোকথ' নাইদ্রা ঐগী তুবিনা।

কবি মতৌনো
অকিবা লৈত্রবা তুবিসি
মনীং তম্না চোংথোবক্লি
মশাগী অশেংবা ঈতনা
অনৌবা মূর্ত্তি কযা যেক্লবা।

অমম্বা'
অমম্বা মবকসিদা
ঈখেঙনা তুবিবু চাম্লিঙৈ
যেকপা লোইশিন্দ্রিবা মূর্ত্তি কযা
পাঙলকই তক  তকনা মমীৎশিং
মতমগী কেনভাসসিদা।

লৈবি'
তৃমিন তৃমিন ঙসিদি
চীং পাৎ তুবেল
অমদি মালেম।

ঙসিসু
অতিযাগী অখাক  অবা ও মবক্তা লৈবি তৃমিন
যেকপা লোইশিন্দ্রিবা মূর্ত্তিশিংনা
মতমগী কেনভাসসিদা।

# অশংবা ঊনাগী খাংপোক্তা

লমদমসিদা
ঐ নোকপা ঙমদে
কপ্পসু ঙমদে
কবিগীনো খঙদে
পুন্সিনা পুন্সিবু মশক খঙদে।

কবম্না হিংলক্লি হাযবা
খঙদে ঙসিসু
নীংতম্না খঞ্জবা ঙমদ্রবা ৱাখল
মঙলান ওইখি,
ঙসিদি
মতমগী নাউশুম্না মৈবী ওইবক্লবদা।

পুন্সিবু কবম্না ওইববকখিবনো
ঈচেলগী ইবৈদা কাওশীং।

ঐনা পামজবদি
পৃংজা খৃদিং মীকৃপ খৃদিং
নীংতম্না শিজবনি
নীংতম্না শান্নজবনি
পুন্সি ঈশৈ ঙংলদুনা
অশংবা ঊনাগী খাংপোক্তা।

# অশি ফমুংসিদা

ঙসিগী মতম
মোনখাঙনবি খাঙঙমদবা মৈবীথক্তা
মীশিংসে মশানা মশাবু শকখঙজদ্রবা মতমসিদা।

হৌজিক্তি
মাযথোঙ অমত্তা
পি তাদনা লৈবা উদবে
চাকখৎলক্লবদা মোংফমগী মৈবীনা লম্মৈগুম।

লৈকঙলাগী মৈশালক্তা
তাদুনা লৈবিবা অশিবশিংসে
মখোযনা হাযজবি
মতমসিফাও
মখোয সভ্যতাগী মীনি।

অমর্ম্বাসিদা ঙসিদি মীশিংসে
চহী কযা মঙলাক্লবি
মীকপ থোকপা ঙমদনা
অশিবা ফমুংসিদা।

# মতমগী চৈথেঙ

ঙসিদি
অকিবা থৌদোক কযানা
মখোঙনা থোংনা চৎলবে
লাইগী মচাশিং
চেকশীল্লু
সনাগী অতিযা মৈ চাক্লক্লে।

চেম্থোবক্লে শাশিং
মাগী মাগী অতিযা যেংদুনা,
মথি ফোংলক্লে
মকোক যাওদ্রবা তম্নলাইশিং
ঈখেঙ তৈববা মতমগী লম্বীদা।

যেংঙু
অমম্বগী ঈখেঙ মনমদা
মখোযনা অশিবগী পূং ঈশৈ শক্তুনা
নিল খোংলি, হবা ও মথোয কাবি
মতমসিদা জগোয শাবক্লি
মফি থোংদ্রবী নুপীশিং।

# মৈরীনা কৃপ্লবা শক্তম

হিংবা তাই
মখোযগী চাকথাক চাদুনা
কৈশুমশঙ নৎত্রবসু ইশা ইশাগী বন্দী অমা ওইনা
শিবগী পৃংফম ঙাইদুনা লমদমসিদা।

চৎপা তাই
তিংখং তুম্বৌ মবকসিদা
মাযকৈ পৃম্বা চাকখৎলক্লবদা লম্মৈনা
ইশাগী মৃর্ত্তিসি কঞ্জনবা
ইশাসে মৈবীনা কৃপ্লবা শক্তম ওইখ্রবসু।

ঐ যেংবা তাবি
খাক-লাউনা যাক্লবা অকি তুজুং ঙম্লমক
হিংজবা ঙম্লবা লমদমসিদা।

# অপীকপা উমংগী উচেকশিং

অপীকপা উমংগী উচেকশিং
লম্মৈগী মৈবীদা কোযপাই পাইবি
লানফমসিদা।

মখোযনা পামজখিবদি
শান্তি অমসুং অহিংসানি
নীংতম্না পাইজর্বনি।

হৌজিক্তি
মৈবী মৈখূনা মমখ্রে অতিয়া,
অপীকপা উচেকশিং
মশা খপ্নুনা পাইবক্লবদা মাযকৈ খঙদা।

ঐ খঙই লমদমসিদা নোংমদি
খীক্লখিনি ব্লাকচীংগী নোংনা
নাকেন্থা কযানা নৈহৎপিববসু
চোংলকখিগনি
অনৌবা যেন্নীং লমদমসিগী উমংদা।

মতমসিদা
অমনবা ভাবৃনুংদা
যোমদুনা লৈবি
লোৎলুববা ইতিহাস।

# ঐ মূর্ত্তি অমনি

ঐ মতমগী মূর্ত্তি অমনি
মখোযগী লৈঙাক্লোন্দা হিংলিবা

ঐ মূর্ত্তি অমনি
ইতিহাস অমা ইবিবা
নঙগী মক কোক্লবা উমংদা
তোংদুনা খোংলিবা উচেক্কী খোঞ্জেন্দা।

ঙসিদি
মীবু মীনা শাবাক তন্নবা
নঙগী খুঙ্গংদা
নঙগী শহবদা।

ঐ মূর্ত্তি অমনি
মঙালবু থিবিবা ইতিহাসকী লাম্মী অমা।

কীন্থুগ্রবা মূর্ত্তি অমা
খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লিবা
অমম্বা মবক্তা মূর্ত্তিদু ঐনি।

# অমম্বসিদা

শিগনি
হেক কাউবমখৈ,
হিংলি অমম্বসিদা মী ওইনা ঐ।
শূক্ল মম্লবা মোংশোঙদা,
ঐনা থিবি ঐগী লম্বী।

লৈবোন চনখ্রে পুন্সি কযা,
মশাগী ইতিহাস খোঙনেৎননা।
পুন্সি কযা অমনা লৈবি,
লৈবোন চনগদবগী,
পূংফম ঙাইবদুনা।

মতমসিদা
মী কযা অমগা অমগা হাৎর্নবি
মখূৎতা খূৎলায পাযদুনা।

অমম্বা মবক্তা লাউ খোংলি
খোঞ্জেলদি থোক্তনা।
মী খবদি
লৈবি নূংগী মূর্ত্তিশুম
তুহৎ নৈহৎপিববা
মীওইবা মবক্তা।




## ব্রাকৎ কয়া খোল্লাউ কয়া

নীংখাযববা কোনুংগী
অতেক-অকায মবক্তগী থোবক্তুনা
মতমগী তোর্বান্দা লেপ্লিঙৈ ঐনা
মীকৃপসিদা
উবকই শকফম কাযববা মৃর্ত্তিশিং।

খঙহৌদনা
বৃৎ ব্রাংনা থাঙ্গৎলি ঐ
লাউখি খোঞ্জেল হৌনা
ব্রাকং কযা খোল্লাউ কযা।
খঙদে ঐ —
কবম্বা থম্মোযদগী হৌবকপা ঈহৌনো
অশাওবা অকিবা তমথীবা।

ঐগী খোল্লাউ ঐগী ব্রাকৎ
অমম্বা অতিযাদা তিনম্বি তাবীনবা যাওদনা।
খল্লি ইথন্তা
কনাগীদমক ঐখোযনা হিংলিবা
ঙসি হৌজিক খঙদ্রবা মতমগী পূংখোলদা।

ঐখোয
কযাম কুইনা খাঙখিগদগে
অমম্বগা অসুম ইবোযননা
থমখিগদগে কযাম কুইনা
মৈবু ফিনা কৃপ্তুনা।

# ঐ তাইবঙসিদা পোকচররোই

হে ঈশ্বব
ঐ শিবা তাববদি
অমুক হন্না তাইবঙসিদা পোকচববোই
মবমদি
তাইবঙপানসে মিনুংশিগী থম্মোয অমত্তা চেন্দ্রে।

ঈশ্বব
ঐ তশেংনা ঙক নোঞ্জবি
ঐ শিবা তাববদি
অমুক হন্না তাইবঙসিদা পোকচববোই
মবমদি
নঙগী তাইবঙপানসে
মীনা মীবু হাৎলি
মীনা মীবু তুহৎপি।

অদুনা ঐ
তাইবঙপানসে যাম্না কি
হে ঈশ্বব
হৌজিক অমুক
শিদুনতা লৈবক্কবা ঐ
মতমসিদা অমুক হন্না শিবা ঙমজববোই।



# অতিয়া

অতিয়া!
মপান নাইদ্রবা অতিয়াদা,
মতমগী উচেক্লা পাইরি।
শীংলি নুংশিং,
নুমিৎ থা থৱাম্মিচাকসু থোক্লি।
উবি ঙসিসু ঐগী মীৎসিনা
ঐগী অপীকপা মীহুৎথোঙদা ।

অযুক্কী
মেঙলবা নুমিৎকী মঙালদা
অশংবা উনাশিংনা জগোয় শারিঙৈ
চেন-চোংদুনা শান্নরি অঙাংশিংনা
ঐখোয়গী তোর্বান্দা
অনৌবা সভাতাগী লশ্নীদা
অকি তুজুং ফাওদনা।

মতম!
ঐ চাউবক্লে
ঐনা উরি অতিয়া ঙসিদি
অমম্বসিদা
চেক্লাশিংনা পাইদ্রবা অতিয়া
নুমিৎ থাসু থোক্রুবা অতিয়া
মঙাল ফংদ্রিবা মালেমসিদা।

# মুশি মুশিরবা থাউমৈ

পুন্সি ঐনা হিংলিঙৈ
অকাযবা লীক্লী মচেৎকুম,
শমজিন্নবা যাদনা লৈহৌবগনি
ঐ অমদি পুন্সি অদুগা তাইবঙপান।

পুন্সি থাউমৈ
মুশি মুশিববা থাউমৈ
দোশিসু পুমথবক্কে
থাউসু যাওশিল্লক্তবে,
অমম্বসিদা নীংখাযবক্কে
তপ্না তপ্না মূর্তিশিং,
ঙাইবিঙৈ ঙসিদি অবোইবা মীকূপ।

পুন্সি থাউমৈ
মুশি মুশিববা থাউমৈ
নহাক্কী মঙালনা অদুঙৈ'
শুমহৎলম্মী ঐ
নঙগী অপীকপা মঙালনা।

ঙসিদি কূপশিনখ্রে
ঐগী পুন্সিগী খাংপোকশঙ অমুবা তেঙ্গালিনা।
মীকূপসিদা
ঐনা কবিবু তৌগনি,
পুন্সি ঈচেলনা,
লূপখ্রবদা
মতমগী ঈবোন্নুংদা।

# ইমাগী তেংথাখোল

অচীকপা অহীংদা
তাম্না তাবীবা তেংথাখোল
নত্তে চীংনুং তাম্নাগী
নত্তে কৌজেঙ-হাবৌগী,
মৈশানা মৈরাযবক্লবী
থম্মোয় ল'ইমন ওইববী
মচা শেংনববী ইমাগী তেংথাখোলনি।

ঙসিদি অদুনা
লম্মৈ চ'ক্লক্লি
মৈকনবীনবা লৈত্রবা লমদমসিদা।

# পুন্সিগী নূংথঙ মখোলদা

অপীকপা থোঙনাওদা
উবি ঐনা
পুন্সিগী নূংথঙ মখোলদা
পোৎলূম পুবিবা উটশিং মকভূমিগী লম্বীদা।

মতমসিদা
মীশিংনা ঘড়ীগী কাটাগুম
চৎলি তূমিন তূমিন
হিংবগী পুন্সি লম্বীদা খোঞ্জেল থোক্না।

কনাগী নুমিৎনো থোবক্লিবা
শিগ্নীশিংনা মমীৎ পাঙলকপদা
হাই হুম্লকপদা অঙাঙবা ফীবালশিং
কনাগী খোল্লাউশিংনো
খূৎতূম তাদূনা থাঙ্গৎলক্লিবা খূৎশিং।

ঙসিদি
ঐগী অপীকপা থোঙনাওদা
উবক্লি ঐনা মখোযগী খোঙচৎ
পুন্সিগী নূংথঙ মখোলদা।

# মূর্ত্তিশিংগী মমি

মূর্ত্তি
মমি কয়ানা শান্নবি
অমম্বা মবক্তো মনীং তম্না
মতমগী মূর্ত্তিশিংনা
ঐখোয়গী শহব অমদি খুঙ্গংশিং।

মতমসিদা
তমথীববা থৌদোকশিংনা
ইবি ঐখোযগী ইতিহাসসু
মূর্ত্তিশিং অদুগী মমিশিংনা ব্রাহৈ ওইবদুনা।

মীশিং অকিবনা
খোঞ্জেল অমত্তা থোক্রে
শকখঙনদ্রবা মতম
মী অমগা মী অমগা।

ঐ খঙডি
মতমসিগী
ঐখোযগী নীংতম ব্রাহৈশিং
মচেৎ তাখ্রে তাঙ্গোয ওনখ্রে
ইতিহাসকী খোঙচৎসিদা।

ঙসিদি
মতমগী লম্বীশিংদা ঐনা উবকই
মায়খুম ফিশিংনা হাইদোবকপদা
মখোয়গী মাযথোঙশিং।

হৌজিক্তি
উপায় লৈত্রবা মৃর্ত্তিশিংগী মমিসু তাবি
ঐখোযগী কাযথবক্লবা ইতিহাসগী লামায়দা।

# অরোইবা ৱাহংগী খোঞ্জেল

অশোঙবা
উমংদনা
শাদানবগী খোঙদাফম ওইবি।

মবূক থল্লবা
ঙসিগী শহবসিদনা
শাগী মকোন ওইবি,
ফোঙ ফোঙ শাবিবা ঈ থল্লিবা শাশিংগী।

হৌজিক্তি
ৱাহংশিংনা লেপ্লি
ঐখোযগী মূর্ত্তি ওইনা উপায লৈতনা
মখূৎ ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা।

কবি গুম্বদা
তাদুনা লৈবি ঙসিগী মচু শঙলবা লৈমাযদা
অবোইবা ৱাহংগী খোঞ্জেলশিং
অদুনা নিল্লক্লি ঐখোযগী ইতিহাসকী অতিযা।

মতম্মাসদা
ৱাহং খূদিং
অকেনবা ঊনা ওল্লক্লবা।

# লোইখিদ্রবা বিচার

ঙাইবি
ঐখোযনা
কনানো অমা থৌজাল হৈবা
মতমগী ব্রাযেল থাঙশাং পাযদুনা
লেপ্পগদবা মীকৃপতু।

হৌজিক্তি
কৈনা কৈ অদুম্মক পেংক্লি
নোংশানা নোংশা অদুম্মক।
লৈবি
উপায লৈত্রবা মীশিংনা
মশাগী মোংফম্ম যেংদুনা।

মতমসিদা
মীকৃপসিদা
মীওইবগী খোঞ্জেল পৃম্বা
লূপশিনখ্রে মতমগী ঈবোন্নুংদা
অশিবশিংনা বন্দী ওইববা লমদমসিদা।

যেংঙু'
অশংবা নাপী হামেঙনা চাবি
হামেঙদু কৈশালনা অমুক চায
কৈশালদু কৈনা অমুক –
অসিগুম্বা মতমসিদনি
লোইখিদ্রিবা বিচাব কযা।

## অশিবা নুমিৎ

মশানা তোংলিবা উশাদা
থাঙ পাযদুনা যাল্লীবা
মতমগী মী
মসি লমদমসিগী মৃত্তিনি।

মৃত্তিসি
মমি শামস্রবা লম্বীশিংদা
তেক কাযববা শহবগী মযাযদা
লেপ্লি ঙসিসু –
মশা মশাগী লানফমদা
অঙাঙবা লৈই অমমম চিংদুনা
মশাগী মোংফম শেন্লি।

মতমসিদা
অশিবা নুমিৎ
থোক্লি অমম্বা অতিযাদা
ঙসিগী মীশিংগী লাইবক্কী মঙাল ওইনা
কাযথবক্লবা মালেমগী লৈমাযদা।

# মতমগী তাইবঙ

অতিযাসি'
লঙজা ক্বাক মখে লাংলে
ধর্ম তিন্নদবা মশেল
লান শোক্লবি লানফমদা।

মতমসিদা'
যীশু, অল্লাহ, কৃষ্ণ,
বুদ্ধ, মহাবীব—
কিদুনা চেনখ্রে
উদ্রে ঙসিগী তাইবঙদা।

মী ওইবগী মবক্তা মী
শা মবক্তনা শা
হৌজিক্তি থোবক্লি নুমিৎ
হিংসাগী মচু শঙলদুনা
অঙম-অঙম্বা হাৎনবা
অঙম-অঙম্বা চানবা
মতমসিগী শরুক যাবদুনা।

তাইবঙ -
মমি শাম্লবা মঙালগী তোর্বান্দা
অহীংবা মূর্ত্তিশিং পুথোক্তুনা মৈ থাবী
হিংনা হিংনা পোৎলোইবি।

# ফাগি অমা

অশিবা !

নঙসি ঙসিদি ফাগি অমনি।

মী
পোক্লকপা মতমদা
মমা মপা শাগে নাতৈনা
হবাওজখি
অনৌবা ইতিহাস অমগী অনৌবা খোঙচৎ অমদা।

ঙসিদি
মমা মপাগী মমাঙদা হাৎপিবি মচাশিংবু
খঙলে হৌজিক্তি মমাশিং
পুন্সি হাযবসি ফাগি অমনি।

যেংলি ঙসিসু মমাশিং
মোংফমগী মৈবী অমসুং মৈখূ মপৈ।

মসিনবা –
পুন্সিবু ফাগি অমনি খল্লিবা
অশিববু শান্নপোৎকুম শান্নবিবা
হিংববু ফাগি তাবক্লিবা।

# কৈশুমশঙগী থোঙ

তোর্বানসিদা
পিগী ঈচেলগী লেপত্রবা ঈবাওখোল্লগা
খোঞ্জেল অমা তাবী
কনানো অমনা হন্না হন্না কৌবিবা।

পিগী ঈবাওখোল
যৌবক্লে চীংলোন মাপন লান্না
ঐগী থম্মোয বাখন্দা
নুংহীক্লববা ব্রাহংশিং ।

হৌজিক্তি
থীল্লক্লে থোঙ
অমম্বা অহীং কযানা
মঙালগী খৃৎশা তিংথোক্লদুনা
কৈশুমশঙগী থোঙ।

# মমীৎ ঙাঙলবা নুমিৎ

যেন্নীংথাগী অযৃক্তা
শংবান্নববা চীংশাং নাপোমদা
থোর্বাক্লিবা কবিগীনো
মমীৎ ঙাঙলবা ঐখোযগী নুমিৎনা।

কিববা নুমিৎকী মঙালদা
পাইবি অঙাঙবা খোইনীংশিং
মতমসিদা চুবক্লি
ঈগী নোংদি ঐখোযগী লৈকোলদা।

যেংলি
লম্বীগী খোঙনেৎনববা নূং মচাশিংনা
মঙক থাঙ্গৎ-থাঙ্গৎতুনা ঐখোযগী লম্বীদা
অনৌবা মঙাল, অনৌবা খোঙচৎ।

মতমসিদা
নাকেম্থানা নৈহৎপিববা
যেন্নীংথাগী উমংদু
তৃমিন্না লেপ্লি।

## লম্বী

কুচু মান্নদবা
লোল তিন্নদবা মীযাম
অমত্তা ওইবি ধর্মগী লীচিংনা
অমম্বগী লম্বীদা।

ধর্মগী লুহূপ্না থৌববা থাঙশাং ওল্লকপদা
হুমদুনা পুবি লানফমদা
শকখঙ মাযখঙনদে
থাঙশাং হাইনবি
অমগা অমগা মীগী মবক্তা মী।

মীশিং
চৎনখ্রি নেৎ নেৎতুনা
অমম্বগী মথবাক্তা
মাযথীববা লান্মীশিংসু
লমথুংফম খঙদনা।

অবোইবা খোঙচৎসিদদি
উবল্লি অচাকপা মৈবী অমা
মোংফমগী তোর্ব্বানসিদা।

# মখোয়দি চৎখি

ঐ খঙিঙি'
খতু কযাগা লাম্বেংনবদুনা
লাকখিবনি মখোযদি মশাগী পুক্সিবু
নম্বো পোবদুনা।

মখোয়দি চৎখি
অঙনবা অযূক্কী লীক্লা মথক্তা
ঈগী মনম্না তোৎশীল্লবা
অযূক্কী মেঙলবা নুমিৎকী মঙালদা।

মতম'
নঙনা চৎখিবদা
অকেনবা ঊনা মবক্তা
যেন্নীংথাসু লাকখিদ্রে
ঐগী ঈশৈ সুবসু খোঞ্জেল থোকখিদ্রে।

# ঐদি মীনি

ঐদি ঈ থকপা পামজদে
ঐনা পাম্লিবাদ
মীওইবগী মিনুংশি অমদি শান্তি।

মীওইবনি ঐদি
মীওইবগী মচৎপু পামজবা
অদুনা
মিহৌদে মীগী ঈ,
কল্লকচদে মরুভূমিসিদা ফূবা-দলাল
যেন্নীংথাগী লৈবাং ওইনীংঙি
খীক্লীংঙি তাইবঙ থম্মোয খৃদিংদা
ব্রাকচীংগী নোং
মতমগী লৈকঙলা ওইবক্লিবা মালেমদা।

খীক্লীংঙি!
ঈংলবা লাইজগী ঈবিকশিং
নুংশি পাউজেলগী নোংলীক্লা লোযননা
শানীংঙি জগোয
তনৌববী অশংবা উনাশিংগা।

ঐদি মীনি
ঐদি মীওইবনি।

# লমগী চেক্লা

শিন্থা লোইব' অমম্বনা
শিন্নবমদাই মঙাল্লকসিদা
পাইবক্লি লমগী চেক্লা সঙ্গ্লশিং।
লৈচীলসু পাইবক্লি
অঙৌবা ফীজোল শেংলদুনা।

অতিয়া কৃপম্ববা
লম্মৈ অমদি পোংলোইফমগী মৈবী মৈখৃনা।

হৌজিক্তি –
চেক্লাশিংদু উখিদ্রে,
মখোয় কদাযদা লোংখ্রবা
মোংফমগী মৈবী মৈখৃলকসিদা।

মতমসিদা মমাশিংদো
তেংথাবি তনীক্ল খোঙেন্দ'
অমুবা চন্দন থিল্লিবীশিংদো
নোংদোন অতিয়া যেংদুনা।

লমগী চেক্লা পাইবক্লো
য়েংলখো পিগী ঈপাকসে।

# মায়থীরবা লান্মী অমগী খোঙচৎ

অযেকপা লাই
লৈবি তৃমিন্না লোম্থোক্তনা
কীন্থবক্লবা কেনভাসতা
মাযোক্লবদুনা নোংলৈ-নুংশিৎ
তমথীব' অমম্বা অতিযাগা।

চৈনা খাঙলি
ঊফৃল ব্রাইফুলশিংগা লাম্থেংনবদুনা
অযেকপা লাই
লেপ্লি
মাযথীববশিংগী মূর্তি ওইনা।

নঙগী কেনভাসতা
ঈখেঙ তৈববা ইতিহাসকী লামায খৃদিং।
তাপ্রবা নুমিৎ অদু ঙাইবিব্রা
নঙগী কীন্থবক্লবা চীংমাযশিং
মল্লবা কোনুং
অমম্বদা তৃমিন্না লেপ্লিবা।

অপীকপা মৈবীগী থাউমৈ
লেপ্তুনা কার্বক্লিবা তেঙ্গালিগী মবক্তা মৃৎথবক্লে
হৌজিক্তি
পাবা থোক্লে নঙগী ইতিহাস
মাযথীববা লান্মী অমগী খোঙচৎতা।

# অরাপ্পদদি উরি

চেম্থ্রে ঈচেলদো
হল্লক্লবোইদবা মাগী ঈচেন্দা।

অমম্বা মবকসিদসু
ঈচেলসে লেপ্তুনা অসুম চেম্থ্রি
শা-কৈ শোঙলবা মোংশোঙ কযা ফাওদুনা
মাগী ঈতিনফম অমগীদমক।

অবাপ্পদদি উবি
শৃক্লবা উমং কযা
শাৎলমগদ্রা মফমদুদসু
অশাৎপা লৈনম চেনবা লৈশিংদু।

ৱাখলগা মীৎয়েংগা
কযাদা খেন্নখ্রবা
ওইবপ্লে অশংবা উমংদি
লম্মৈগী মৈবীনা চাকখ্রবা উমং।

## লম্বী-২

কুইবে ঐনা
লমদর্মাসিদা থিবক্লিবা লম্বী অমা।

লম্বী অমা
অমুক্তা চৎত্রিবা লম্বী অমদা
হৌর্জিক্তি ঐবু পুদুনা চৎলি মতর্মাসিগী মীশিংনা
তীন-কাঙ মবক্তা, লৈকূৎ লৈবাযদা,
অমোৎ অকাযতনা থল্লবা শহবগী লম্বীশিংদা
মঙালগী খোঙচৎ অমনি হাযনা।

ঐনা চৎলি
নঙনা চিংশিনথ্রবা লৈইশিংগী মবক্তা
ঐগী পোৎথাদ্রবা খোঙচৎ।

লম্বীসিদা
কেনথ্রবা উনা অমদি
মঙ মঙলি লৈকঙলাগী উফূল্লক্তা ।

# মতমগী মী অমা

মতমগী মী অমা
কাযথবল্লকবা ইতিহাসপু মোনখাঙনবদুনা
ধ্যান তৌবি
মবমদমগী ফীবালনা মনীং তম্না পাইবল্লকবা
অঙাঙবা নুমিৎকী মঙালদা।

# মীওইবা

মীওইবা।

মপুগী পাউজেল পুবদুনা
খৃৎতৃম শীংনা লাকখিবা
তাইবঙ মালেমদা।

হৌজিক্তি নঙনা
শান্নবি নাপলগী লীলা
মীগী শদোংবু শেৎ শেৎ চাবদুনা।

অমুকসু শান্নবি –
মচীন তুম্লবা
পাপকী তিংখংদা নেৎ  নেৎতুনা।

মীওইবা
পুন্সি কৈথেলনা খমস্লবদা
অমাঙ  অতোংগী থোঙজাওসু
লোনশীনখ্রগনি অবোইবা মতম লাকপদা।

# মতমগী লৈঙাক্লোন

মমায় অনীদা
শক্তিগী পঙখৈ নাইদ্রবা
মতমগী লৈঙাক্লোন
মতমগী শকুনি
মতমগী কৃষ্ণ।

হৌজিক্তি
নঙগী লীলাদা
নঙগী মাযাদা
মালেমসে থক থক নীক্তুনা খাঙলি।

মতমসিদা
লৈগী লৈনমসু হূ ওল্লক্লি
লৈকোলগী নীংথিববা লৈবাংশিংগী লৈনম্না
শন্দোবক্লে লাযনা কযা
মীশিংগী থম্মোযদা ব্রাখন্দা।

মীগী হকচাংদি
তপ্না তপ্না পুমথবক্লি
হিংলবসু শিববসু মফম মতম নাইদনা।

মতম।
মীকূপ কযা পূংজা কযা
নঙগী জগোযদা নঙগী লীলাদা
উফুল ওইখিনি অমম্বদা তিনখিনি
পাম্মুববা পুন্সি কযাসু
নুংশিববা ঐগী মালেমদা।

# শুমাঙ লীলা

শুমাঙ লীলা
যেংঙি ভাবোকশিংনা ইকোয কোযনা
শান্নবি লীলা
মমিং লৈববা লীলা কাঙলূপনি
ভাবোকশিংনা লীলা লোইদ্রিঙৈ
হৌগৎতুনা চৎকে তৌবদা
নোংমৈনা কাপকে তৌবকই।

মতম।
ভাবোক লাঙনবকই
কিদুনা চেনগে তৌনৈ
লীলা কাঙবুনা ভাবোকশিংদা
নূং চেক পাযদুনা থাজিল্লকখি।

হৌজিক্তি
লীলা যেংলি কিনা ভাবোকশিং
তৃমিন তৃমিন ব্না অমত্তা ঙাঙদনা।

# তীপ্লোক

তীপ্লোক!

অমোৎপতনা থল্লবা
নমথিরবা লৃখাক কোম অমদা
কৃক কৃক ঈন্ননা শান্নরি
মফি মরোল পৃমথোক থোক্লদুনা
মুন্নরি লাক্লরি
নমথিবদগী নমথিরবশিংদু
চোকথবা নাইদনা।

মশাগী পুন্সি অদুগা ইজ্জৎ
লৈবাক্কী ইজ্জৎ
তোৎশীন্নখ্রে লৃখাক কোমগী নমথিবা মনমদা,
নুমিৎ থা থবান্মিচাকসু অমম্বদা
তিনশিনখ্রে।

মতমসিদা
তীপ্লোক্লা থিরি হন-হন্দুনা মশাগী লম্বী।

# অকঙবা ঊনাগী নাউশুম

পীক্লবা নান্নানা
হৈনা খোঙথাঙ থাংলকপদা
নিল্লি খোঙজী মখোল।

খোঞ্জেল'
নিল্লি হৌজিকসু খোঙজী মখোল
মৈবীনা অসুম অসুম চাকখৎলকপদা
তাবক্লি খোম্থাং যৈনা
নান্নাগী তনৌববা খৃৎনা
শাজখিবা জগোযদুগী তাম্থাদুসু।

মমাগী থম্মোয'
মবোল ফাওনা নিল্লি ঙসিসু
হৈনা খোঙথাঙদা থোবক্লিবা
খোঙজী মখোলদুদা
উবক্লি
অশংবা ঊনাগী নাউশুমদুসু।

# খোঞ্জেল অমা

কবিনো?
নুমিদাংৱাইবমসিদা
খোঞ্জেল অমা তাবিবা
পুক্নিসিবু লানফম ওনখ্রববা ?

অমম্বসি লাক্লে হাযবা
কৃপশিনখ্রগনিদো ঐখোযগী অতিযা
থোবক্লবোইদো
ঐখোযগী মাযকৈ লেপ্পা থৱান্মিচাকশিং

অঙনবা অযুকসিদা
কবিনো তাবিবা অনৌবা পাউ অদুনা
মঙোল খোক্লিবা চৎপা ঙমদ্রবা
অপীকপা অঙাং অমা
অমম্বগা লাম্বুংনবদা যাতাখ্রবা অবোইবা যাইীপতু।

ফীভম কাযববা
অপীকপা অঙাংগী হকচাংদগী
শান্থবকপ উর্বি অঙাঙবা ঈ
মতমসিদা, মীশিংগী থম্মোযদা
খাক্লাক্লি অঙাঙবা ঈগী নোংলীক।

# ঐ অমসুং পুন্সি

খোঙচৎ।

লৈকঙলাগী লৈমাযদা লাম্থেংনবিঙৈ'
ঐ অমসুং পুন্সি
হিংলি উকম অমত্তা ফংদনা।

হৌজিক্তি
চুবক্লি নোং
হকচাং পূম্বা চোৎলি ওল্লদুনা ঈগী নোংলীক।
হিংনা হিংনা শিববা
পুন্সিগী খোঙচৎতা।

মতমসিদা
নেৎ-নেৎতুনা চৎলি
মীওইবগী থবাক্তা
চৈনা ফাওদ্রবশিংগী খোঙচৎ
ঈহিং নাহিংনা চোৎলবা লম্বীশিংদা।

নুমিৎসু তাথ্রে
হামজীল্ল' তোর্বান্দা চৎলিঙৈ'
হৌজিক্তি চোকথবক্লে
খোঙথাঙ খূদিং লাম্থেংনবিঙৈ
ঐ অমসুং পুন্সি।

# নোংঙাল্লকপা ঙাইরিবৈ

নিল খোংলি লমদমসি
চেক্লাগী খোঞ্জেল মহুৎতা
মীকপ মীবাওখোল অমদি তেংথাখোলনা।

মীওৎ মীনৈ
শা কৈগী উমংদা শাবাক তম্নবদুনা
মশাবু মশানা শেৎ শেৎতুনা চানবদুনা।

অসুম্না মাঙখিবনি
অমম্বা মবক্তা লম্বীদো
ঐনা নোংঙাল্লকপা ঙাইবিবৈ
লমদমসিদা ঈখৌ লাংনা অকিবা তুজুংবা মবক্তা।

মতমসিদা –
নুমিৎ চূপ্পা লৈনমদুনা ঙাওববা নাৱাদু
অসুম্না চৎখিবম্মী
হি অদু তোংদুনা।

# মঙালগী নোংলীক

ঐগী লৈমায়দি –
কৃপশিল্পক্লি অমম্বা অহীংগী অৱাবনা।

মমা ওইবীশিংদি মমীৎ উইশিল্লু যাদ্রি
অকিবা শক্তমশিংনা কোযশিনখ্রবদা।
ফিজীগী মণিশিংনা
নীংতম ফীবালগা লোযননা
পাইখিবনি মঙালবু থিকনবা
মালেম অতিযাদা।

মতমসিদা –
ঐগী ৱাখলগী ৱাকৎশিংনা
কাক কাক থীল্লবি
থম্মোযগী থোঙজীন -থোঙনাও ফল্লাংদা।
মীৎ উইশিল্লু যাদ্রি
পাঙথোকপসু ঙমদ্রে ঐ।

হৌজিক্তি–
মঙলাক্লবি,
খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গন মাঙখ্রবা অযৃক্তা।

ঐগী লৈমায!
ঈগী ঈচেলনা লৌখোং ওইনা চেম্থবক্লি
কুমগী নোংনা ঈগী ঈবিক ওইবদুনা
পিবাংগী ঈচেল মবক্তা
হেঙ্গৎলক্লি মমাশিংগী তেংথাখোলসু।

তেংথাখোলদুনা
মীৎ পাঙলক্লি নাৱাশিং,
মতমসিদা, ঙসিগী পোম্নক্লিবা লৈপাক্কে
থিবক্লি মশাগী ঈ
ঈগী লংলা-লংজীন।

হৌজিকসু খীক্লক্লি
শান্তিগী নোংলীক
মীশিংগী থম্মোযদা।

# কংলা

কংলা!
শাংলবা পুৱাবী অমা,
মশোঙ কানা সনা মচুগী অবংবা মঙালদা
মোমোন নোক্লা লাকখি— ।
মালেমদা —
মৈতৈগী থম্মোয-থোঙ্গাল খুদিংদা।

১৮৯১, এপ্রিল ২৭
অবোইবা নীংতম্বগী নুমিৎ তাখিবা অযূক
অযূকসিদনি —
নহাক্কী লানবন কাযদুনা
উত্রা মাঙগী শা উফূল ওনখিবা,
সাহেবকী ফীবাল চৈখোক্লা
নহাক্কী থবাক্তা যুংখিবা
মীখা পোনবগী ফিজঙনা খঞ্জিল্লকখি নুমিৎ অদু।

খোযদৌদা
তূমীৎ যুবাল চঙখিবা
খোঙউপ যুটকী খোঙনেৎশা ওইনা
নহাক খাঙলকখি চৈনা
মীহৌবোলগী ইতিহাস নাউপুবদুনা
তুংগী সনা যোইহেনবশিংদা পাউদম্নবা
খাঙঙমদ্রবা থৱায়না।

ঙসিদি —
সনা যোইহেনবশিং মীৎ পাঙলক্লে
লৈখুন্দগী থোবক্লে নোংশা ওইনা

শাগী খোঙ্গুল লীবক্লে
নীংতম থাঙশাং পায়বদুনা।

হৌজিক্তি কংলা
নহাক্লা মীকপ থোবকপদা
নোংপোক থোঙগী শৎম্রে পৌবোল তবেৎ
অঙনবা অয়ূক্কী ঙাঙ্গ্রান্নবা নুমিৎগী মঙাল
য়েল্লবনি মৈত্রবাক্কী থম্মোয় খূদিংদা।

সনা যোইহেনবশিংগী খোঞ্জেলনা
অনৌবা নুমিৎকী মশেক্কা
পূল্লবনি মৈত্রবাক
ঈতিল্লবনি অমত্তা ওইহ্বগী থৌনা লীচিংনা।

## নিঙোল

অপোম্বা লৈবাংদি
লৈশক লৈচু খঙদে
শাংকাযদ্রিমখৈ।

অপীকপা নোংলীকশিং
থৌনা ফনা চাইথবক্লি
হূ চেল্লবা লৈমাযসিদা
নহাক্কী ঈতিনফমদি মাযকৈ খঙদ্রি।

নিঙোল!
নহাক্তি ঈশিংনি
অপেৎপা লৈখোমনি
লূপা মচুগুম নীংথিববা
মেবা থাগী থাবলগী মঙালনি।

নিঙোল!
হযেংদি নহাকসি — মমানি,
জাতিগী মমানি
পূম্নমক্কী মমানি।

অমুকসু নহাক্তি
লৈনি অদুগা মৈনি, নূঙনি।

## নঙ অমসুং ঐ

ঐগা নঙগা
কবি থোক্লবিবা
খঙদে ঐ
নীংশিংলুদে নোংমতসু।

থবক্তি পুক্সিনি
মদুনা –
নহাক্না পুদুনা চৎলি
মতমগী অমুবা লৈচীন্না কৃপ্লবা
অমম্বা সংসাব অমদা –
ঐ।

অমুবা লৈচীলগী ফিজঙসু
বসন্ত ঋতুগী যেন্নীং' অযূকসু
মোৎল' খূৎশাশিংনা হাইদোক্লবা হোৎনবি,
অদুবু যেৎনবি
নঙ অমসুং ঐ
মীকৃপ খূদিং হযেংগী
নঙনা পাম্বা ঐনা পাম্বা
অপাম্বা সংসাব অমদা।

ঐ
ঐগী লীলাদা
অমুকসু মৈ ওই
অমুকসু লৈ ওই

মদুনা
ফম্বংনববা লংদাইসিদা
ঐগী অতিযাবু যেংদুনা।

মৃক্লবিঙৈ
যেৎনবিঙৈ
লোনশীল্ল' থোঙজাও কযা
মতমগী পৌবোল শৎপা ঙমদনা
লৈবি নঙ অমসুং ঐ।

# চোকথরবা খোল্লাউ

চোকথববা খোল্লাউ –
লাউবি
হাইবি ফীবাল মখূৎ থাঙ্গৎপা ঙমজদ্রবশিংনা।

খোঞ্জেল কায়ববা খোল্লাউ
নিল্লি ঐগী শহব অমদি অতিয়া
নুমিৎকী চাইথবকপা মঙালদা
ঐখোয়গী কুইববা রাকৎশিং।

মতমসিদা
লৈহৌবগনি মহাক
মথ্বায় য়াওদ্রবা ইতিহাসতু।

খোল্লাউ!
তাবীনবা লৈত্রবা খোল্লাউ
লান্ডবি মাযথীববশিংনা
ঐখোযগী নীংখাযদ্রবা লম্বীশিংদা।
চুবক্লি নোংগুম
খাঙঙমদ্রবা পিগী ঈবিকশিংনা।

# অনৌবা নুমিৎ

নুংপাক্লা নম্থবক্লি মকোকথক্তা
মশানদি খঙজদে,
হৌজিকসু।

শিন্মীশা!
মাঙদা লৈবে শাববা মৈশা
খীংলক্লে কাংশিগী মখোল
নাকোং শীংজা যৈনা
পোৎথাদ্রবা নঙগী শিন্থাদা।

নঙদি যেংলি
নোংদোন অতিয়া
অনৌবা মঙাল অমগীদমক
অনৌবা নুমিৎ অমগীদমক।

শিন্মীশিংগী হকচাংদগী চেন্থবক্লিবা
হুমাংগী ঈবিকশিং
সনাগী ঈফুৎনি
মঙালগী মশক্লি
লোইশিনবা ঙৰ্মদ্রবা শিন্মীগী ইতিহাসতা।

# লৈ অমা

শাৎলি
লৈ অমা ফুগায়না
লৈনম যেল্লদুনা
মশাগী মঙউদি যাওদনা
হৃ পাম্বীগী মতোন্দা।

লৈনম
মাগী লৈনমদা
শুক্ষৎচবা থৱায কয়া
তিনখ্রে লৈমাযদা
মচু খঙদ্রিবা মশাগী ইতিহাসতা।
হৌজিকসু -
থৌবাঙলি
থৱায কয়া কয়া
থৱায পীগদবগী
মশা মশাগী মায়কৈ থিদুনা।

অমম্বা অহীংগী মতমদা
ভৃত ওন্দুনা চৎলি
হৃগী স্বব কামথোক্লুনা
নাইতোম তানীংবগী কুম্মেদ
চীংশাং নাপোম, লৈইজীং লেম্যা শীন-থুংনা
অঙাঙবা মচু শঙজিনখ্রে।

অশাৎপা লৈ
নশাগী লৈনমগা
তিনখিনি নোংমা
হৃ পাম্বীদুগী মচুদা।

# খাংপোকশঙ মচা মচাশিং

অমুবা লৈচীঙ্গা
ফিজঙ খাপ্পল্লক'
উচান মনাগী জগোযগা
অমত্তা ওইনা শম্মুত্ত্ববা
অবাংব চীংদোন্দা
মঙালবু যেংলম্মা খাংপোকশঙ মচা মচাশিং
ইঙক ঙক্লা লোপ্প।

নুমিদাংব্রাইবম -
চীংনুংগী হবিনোংনাংনা
মতাবোযশিংগা
পুন্সি ঈশৈ শক্লিঙৈ'
নোংথাঙনা অকিবা মৃত্তি ওল্লকপদা
লোৎখ্রমাল্লে পুন্সিবু শাগোল্লদুনা
খাংপোকশঙ মচা মচাশিং
অমম্বা মবক্তা

পুন্সি অমসুং মতম্মা
লাম্হেংনবক্লবদা
খাংপোকশঙ মচা মচাশিং।
অমম্বসিদা -
তৌফম খঙদনা লৈবি ঙক থাঙ্গৎতুনা,
যাক্লা খোংলক্লি হৌজিক
অমুবা ক্লাকশিং
কবম্ব অবাবা অমগী ঈঙ্গিৎনো?

# মতমগী মমা

মমা অমা
ওইবা তারবদি মতমগী মমা
কল্পা তেংথাবা হৈবা তাই
খ্বাঙচেৎ মচি লাংবা তাই
কোকশেৎ শেৎপা হৈবা তাই
মসি নৎত্রবদি
করম্না মতমগী মমা ওইগনি !

মতমগী মমাদি
লানফম অমগী ময়াযদা
লান্মী ওইনা হিংগদবনি।

থৌনা লৈব' তাই
মৈবা পায়বা তাই
নচাগী অশিবা হকচাংদা মৈ চৃজনবা
মমা খৃদিং।
মসি নৎত্রবদি কনানা হাযবীগনি
মতমগী মমানি।

ঙসিগী লানফমসিদদি
তম্বা ঙমদে ঐখোযগী লাইবক
শিবা হিংবা অনীগী লংদাইদা।
মতমগী মমাদি
হিংবা তাই
খ্বাঙচেৎ মচি লাংবা তাই
মখৃৎতা মৈরা পায়দুনা।

# ইরৈবাক

ইরৈবাক
নঙবু নোংমা ঐনা থিরম্মী
অঙাওবা হূইগুম
ঈমৈ কোনশীন্দুনা।

ইবৈবাক
নঙগী নতম্বাক্তা পু-পাং শুদ্রবা
নাৱাগী খোঞ্জেলনা
পূমনিল নিল্লিবসিনি
ৱাকৎ কযাগী খোঞ্জেলশিং,
তাবিবা খূদিংমক ঐগী খোল্লাউ।

ইবৈবাক
ঐনা কবি হাযগনি
মমল লৈত্রবা পুন্সি অমগী ঈশৈগুম
শকপা তাখি নঙগীদমক ঐ
ঙসিদি
কবি উপায লৈবিবগে
নঙবু ঐনা থিবগী খোঙচৎতা।

ইবৈবাক
নঙবু উবকখি ঙসিদি ঐনা
নখূৎতা সনাগী খূজী শিবা
অদুগা চেৎলবা শোজাউ অমা লোনশীল্লবা।

# ঐদি হিংলি

পুন্সি হিসি
তাউদুনা লৈবি ঈয়ায়দা
মাযকৈ খঙদ্রবা অমম্বা মবক্তা।

হোল্লি পোখাদনা
হিবোযশিংনা হি অসি ঈপাক্তা
মতমগী নৌবেল পাযখৎতুনা।

অদুনা ঐদি লাক্লিবনি
খুনাইসিগী নীংতম্বা ঙাক্লবা
লানগী মৈখৃ মবক্তা।

শীৎনীংবা নুংশিৎ শীৎচসনু
খাক-লাউসনু নোং মপৈ
লমদমসিগীদমক
ঐদি হিংলি।

## অহাঙবা চেনাদু

ইতিহাস
লামায় খূদিং ঈ তৈরবা
মসিবু তুংগী কবম্মা ইতিহাস ওইহৌগনি
ঙম্নবোইদবা খোঙ্গূল অমত্তা থন্নস্না লমদমসিদা
লৈ চাইদুনা ইখূৎসিনা।

ইশিল্লু
ইশিল্লু
ঋাকচীংগী নোং খীক্লকখিগনি
যেন্নীংথাদুসু লাকখিগনি
ঐখোযগী ইতিহাস লামায খূদিং
ইবমসি থৌনা ফবগী মিনুংশি লৈবগী
চূখৎলমসি মৈবাশিং অমম্বসিদা
ঐখোয তুংগী অঙাংশিংগীদমক।

# লাক্লরোইদ্রা য়েন্নীংথা হায়বদু

হৌজিক্তি
মতম কৌবা নিংথৌবেলনা
লেপ্লবে ইমাঙদা
পুবক্লুনা পীববে নাকেন্থাগী ফীজোল।
জগোয় শাবস্বা
মীশিংগী থোৎলবা খূৎশাশিংনা
ওনস্রবদা অকঙবা উশা।

কেল্লক্লি
তনৌববা উনাশিংসু
য়েন্নীংথাগী অযূক্তা নাকেন্থাগুম
ঐখোযগী লমদমসিদা
শীৎলক্লবদা ঈগী নোংলৈ-নুংশিৎ।

হৌজিকসিবু কবস্বা মতম্লো
লাক্লবোইদবা ঐখোযগী য়েন্নীংথা হাযবদো।





## ক্ষেত্রি রাজেন (১৯৬৮)

থৌবাল নোঙ্গাংখোং

ফোঙখ্রবা লাইরিক ঃ নোংলীক (শৈরেং, ২০০৩)

'...শিনফম্না এক্টিভ সার্ভিসতা লৈরুরবসু রাখল থম্মোয়দি ধ্যান তৌরিবা মণিওম্নি। পূসিদা থেংনখিবা থৌদোক রাখোক্লা ইসপ্যার তৌদুনা কবিগী কলম পাইহনখিবনি...।'

'...ক্ষেত্রী রাজেনগী শৈরেং লাইরিকশিংদা সিম্বোল অমসুং ইমেজরীগী মফম চাউনা কল্লি। মসি নহা ওইরিবা কবি অসিগী তোপতোম্না ক্রিয়েটিভ আর্ট অমনি।'

-ডাঃ শরতচন্দ্র [illegible]

'...শিনফম্না সিফায় ওইস্ত্রবসু মাগী মমা পুক্নুংদে লোয়নরক্লবা গুণ অমা চেল্লমগনি। অদুননি সিফায়গী রারক চেংলবা থকশি-খাশি নাইরিবা খোঙথাঙ খজিক্তং শোয়বদা শজাই মরক অসিদনি ইবুংঙো ক্ষেত্রি রাজেন্না মতম কাইথোক্লনা পুক্লিংগী ইছল ইথিল, থম্মোয়গী মারা ফোঙদোক্লবা হোংনরিবা...।'

-[illegible]

'নোংলীক ক্ষেত্রি রাজেননা মণিপুরগী সাহিত্য অহানবা খুদোল তম্না শৈরেংগী লাইরিক ওইজরবসু কবি অমনা কবিতা অমনা মাওহনফম থোকপা শৈরেংগী মহাও কয়া হাপ্পুনা পাবিকশিংদ্ পুক্লি ফিংশিল্লিবা লাইরিক অমা ওইবা ভুম্মী ...।'

-[illegible]